# "চিঙ্গোই-বারুণী"

{ চিংথক-থম্বাল
প্রজা থোইমু। }

অইবা
শ্রীগোকুল শাস্ত্রী

অনিশুবা সংস্করণ।
১৯৬৬

—নম্বম—
দি ইণ্ডষ্ট্রিয়েল প্রিন্টিং ৱার্কস
পাউন বাজাব ,বাড়ি,
ইম্ফাল।



[ মমল রুপা ১'৫০

# গণমান্য ভদ্রমহোদয়শিংগী ওপিনিয়ন

শ্রীযুক্ত দ্বিজমণি শর্ম্মা এম, এ, ভূতপূর্ব্ব ডি, এম, কলেজ প্রেসিডেন্ট। ইবিরকপা :-

শ্রীযুক্ত গোকুল শাস্ত্রীনা ইবা "চিঙ্গোই-বারুণী" কৌবা শৈরেং অসিগী অয়াবা শরুক পাবে ; লেখকনা ইবা ইহান্ হান্‌বা শৈরেং ওইরবসু মসিদা উরিবা কবিত্বগী বাজ অসিদগী চিংনবা নৈতবা হায়বা য়াই, মাহুদি—লেখক অসিদগী অকবা কবিতা য়াম্না থোরকনি। পাঠক সমাজনা লাইরিক অসিবু সাদর অভ্যর্থনা তৌবিদুনা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎনবগী মরমদা তেংবাংবিনবা অনুরোধ তৌজরি।

দ্বিজমণি শর্ম্মা তাং ১১।৫।৫০ ইং

শ্রীযুক্ত শীতলজিৎ সিংহ রাজকুমার বি, এ, জোনোথৌন হাইস্কুল মষ্টরনা ইবিরকপা :-

শ্রীযুক্ত গোকুল শাস্ত্রী মুখোপাধ্যায় সমীপেষু।

নৈগানগী "চিঙ্গোই-বারুণী" পাজবে ; মপাল নায়দবা নুংঙাইবা অমগী মহাও ফংজরে। প্রাঞ্জল ওইবা লোন্দা তৌংলগা ঐগ্যাগী কল্পনানা থুরবা স্বর পান্দুনা থোরকপসি অউবা মী খুদিংগী পুক্নিং ভুজুং হরাওগনি নিংই। অসিওবা থোর্দ্দ্রেগী দান অসি অতং-অথম নৈতনা তৌরকপা হায়না এনা ভগবানগী চরন্দা হন্না-হন্না খুরুমজরি। ইতি তাং ৪।৫।৫০ ইং

বিনীত

শীতজিৎ

কুমশি বি, এ. পিখিবা শ্রীযুক্ত চুংখাম বিজয়চন্দ্র সিংহ কাঞ্চিপুর হৈকনিকেল হাইস্কুলগী মহৈরনা ইবিরকপা :—

"চিঙ্গোই-বারুণী" হায়বা লাইরিক অসি পাবদা ঐগী পুক্নিংদা য়াম্না নুংঙাইবা পোকই। মসিগী মমৈথংবা শরুক্কা য়াওরিবা য়াম্না থাংবা দর্শনগী য়াথঙ অসিনা লাইরিক অসিগী মরু ওইবা শুনি। মতুংদগী অসিগুম্বা লাইরিক অসি ইরকতুনা মৈতৈ সাহিত্যগী পুক্কৈ থলহন-বিনবগী দমক লেখক অসিদা মঙ্গল পিবিনবা শ্রীভগবানদা প্রার্থনা তৌজরি।

ইতি —

**শ্রীচুংখাম বিজয়চন্দ্র সিংহ**

তাং ১।৫।৫০ ইং

শ্রীযুক্ত মীনকেতন সিংহ বি, এ, তোংনোচৈান হাইস্কুল মহৈরনা ইবিরকপা :-

"চিঙ্গোই-বারুণী" কল্পনাগী ঈচেলনি। চীংখোং ওবা তুরেলনা নুংলোল ঈপোম্বা ঈরাউ-খোল্লোয় ঈচেল্লবগুম, অমদি চীংগী নাপোম চাক্কাবী চেক্লা সোঙভা-য়াবনা মালং তাংথক খোঙনেৎনা হুইখোংননা পাইস্নবগুম কল্পনাগী ঈচেলনা "চিঙ্গোই-বারুণী"গী লামায় অমদগী লামায় লাম ঈপোম ঈপোম্বনা ঈচেলবা উবদা ভাবুক কনাগী পুক্নিং হুঙঙাই-ঈরোয়-নরোয়দোবা নৈ।

কবিগী কল্পনা ঈচেলদা ঈচেল পাখা কাওভগী খোঙফম লীরক-পদা নোংমা কাওভ-তোংবী মশাম্নু ইরাংলরগনি। কবিগী খোর্জেইনা পোখাদবা মৈতৈ পোকপীনা পীনবা ওইসনু।

**মীনকেতন**

তাং ১।৫।৫০ ইং

# উৎসর্গ পত্রম্

বারুণী-সুমিং খো'ক্তা
পুক্লিং-পুগ্রি ময়াইদা,
চিংথক-থম্পাল শাংলক্লি,
প্রজা-খোইমু ইমক্লি।

নৈপাক-প্রজা ডামরেণ,
নৈ খোংশংবা·খোইমুদা,
নৈরাং মা'দি কচ্চনিং,
নৈহেকপদি নৈহজদ।

কলং-নৈঙাক পাইহুনা,
নৈরাং মাবু ত্রেক্তুনা,
"চিনোই-বারুণী"-সেম্পাক্তা,
কচ্চরি নৈখোংশংবদা।

কচ্চবা—
গোকুল শাস্ত্রী

# "চিঙ্গোই বারুণী"

## অহানবা পন্দুপ

### চিংথক—থম্বাল

লৈঙ্গ, লৈশাং

—:[০]:—

শিবজীগী ফাওনফম, শিঙেঙল লৈরাং নোকচফম
উরি-রারি কে-নফম, উপাল রাপাল হরাওফম ॥

তাইবং পুক্রিং হুনফম, পান্বা কৈরেণ শান্নফম
জীব-জন্তু মুওঙাইফম, শাবী-শানৌ লৈতেংফম ॥

প্রজা থরাই য়োন্নফম, নিংথৌ লাইনিং ওইনফম
কোরৌ হনবা হুম্দোকফম, পোম্বী চেক্লা চাক্তাফম ॥

নোংদোল মাইকৈ তমলিবা, নোংদম্বনা শেমলিবা
নোংপোক নিংথৌ থম্লিবা, "নোংমাইজিং"গী চিংথক্তা ॥

মণি মন্দির মমুংদা, মহাদেব ভানথোইবা,
"চিঙ্গোই বারুণী" মুমিত্তা, লৈপাক প্রজা কোইশনবা ॥

"চিঙ্গোই-বারুণী"

রাথল-লাইজ থল্লব', কবি পুক্লিং পুখ্রিদ',
লৈরাং থম্বাল ওইদুন', লৈকা ফন্না শাংলক্লি ॥

শিব ফাওফম লম্নদমনি, লৈকা ফনবা থম্বালনি,
চিংথক লৈমাই ত্তেমথোক্লি, থম্বাল লৈকা ফনদোক্লি ॥

মণি মন্দির নিংথিরি, থম্বাল লৈরিক তমজরি,
শিব থৌজাল নিংথিরি, থম্বাল লৈহী ওইজরি ।

মণি মন্দির মমুংদা, মহাদেব ভানথোইরি,
লৈরাং থম্বাল লৈমুংদা, লৈহী পেরে শোগংলি ॥

চিংথক লৈমাই মাইকৈদা, শিব থৌজাল য়েংথোক্লি,
থম্বাল লৈকা থুদিংদা, লৈহী থম্না শিম্থরি ॥

লৈকা ফনবা থম্বালনি, লৈহী চেনবা লৈরাংনি,
খোইমু ইনবা লৈশক্লি, খোইরা'হনবা লৈওঁনি ॥

চহি কুমজা-অহিংদ', পোমত্থনা লৈবা লৈরাংনি,
"চিঙ্গোই-বারুণী" মুংখিন্দা, লৈকা ফনবা থম্বালনি ॥

লৈপাক প্রজা ভামরেণ, লৈখোং শংবা খোইমুনি,
শাবী-শানৌ প্রজারেণ, লেম্ন কেন খোইমুনি ॥

"চিঙ্গোই-বারুণী"

মপোক ফবা খে.ইমুনা পূণ্য লম্বী শেমহনা
ভক্তি-থোঙ্গাল হাংহনা, উজ'ফংবা থম্বালনি ॥

লৈরাং লৈকা থুদিংদা, লৈহী মথল মরিংগ
অতং অথম লৈতনা, শিঙ্ক্ষয়িবা থম্বালনি ॥

থম্বাল মাগী লৈহীদি, 'চম্বা লৈহী নংতেদে',
লৈহী চুপপ্রবা থোইমু, কাওথিদেদো পুন্সিদো ॥

থোইমু শাজং য়েংলগা, পাপকী লিচং উরগা,
হুমদাং লৈওঁ ওইজেদে', অহিং লৈরাং মাজেদো ॥

উরি-রারি কয়ানা, পাইরকপা থোইমুশিংদা,
লৈহী মথল উহল্লি, কল্পক রাথল পোকহল্লি ॥

কনাগুম্বা পানেম্না, শিবজীগী মনাক্তা,
লৈহী থোবোম থন্দুনা, তাইবং শান্তি লোজরি ॥

লৈহী থোবোম থল্লিংবা, 'নৌবা থোইমু কনারা,
নোনা লৈকা ফল্লকপী, লৈহী চুম্বা তম্লকপী ॥

থোইমু শাজং থংজ্রিবী' 'নোবা থম্বাল লৈকাদা,
তপলি তপলি পাইশনবা, অকে' সাথেক উচ্চবা ॥

## "চিঙ্গোই বারুণী"

"লৈহী খোবোম থম্মনা, লৈহী লোংপ্রত্রা ?" থন'গুম,
ইকাইগন্বী কিগন্বী, লৈরাংনিকো" মতাগুম ॥

কেনা নৌনা য়েংজবা, থোংনা মেংনা তোংজবা,
লুনা হেন্না চুপচবা, কিনা লুনা ঙংজবা ॥

খোইমু কনা মতৌবু, তমজবগী মওংগুম,
শিব থৌজাল ফংনিংবা উপাল-রাপাল কয়ানা ॥

শিবজীগী মনাক্তা, তাংজ মরাই লুকচরি,
পুক্লিং সাজৎ তিংজরি, শিব থৌজাল নিজরি ॥

থৌজাল-লৈহী ফংলবা, নিংবা আশা থুংলব,
খোইমু কনা মতৌবু তমজবগী মতাগুম ॥

উরিশিংনা য়েৎশল্লি, উপালশিংনা কোনশল্লি,
শিব-নিংমন উহল্লি, 'নোবা-খোইমু য়েংহল্লি ॥

থৌজাল-লৈহী ফংলবা, মচাক-মরল লৈরবা,
খোইমু-কনা মতৌবু, তমজবগী মওংগুম ॥

হৈপাল-লৈপাল কয়ানা, মহৈ-মরোং চুমজরি,
উপাল রাপাল কয়ানা, উনা-শিংনা পুংজরি ॥

## "চিঙ্গোই-বারুণী"

থৌজাল-লৈহৌ ফংলবা, মচা—মশু খুংকনবা
খোইমু কনা মতৌবু, চাংদম্নবা মতংঙুম ॥

উপাল-রাপাল কয়ানা, কাংলুপ কাংলুপ নাইছনা,
অচৌ-পিশক থাইছনা, নাপল মওং উৎচরি ॥

থৌজাল-লৈহৌ ফংলবা, চৌবা ফমথোল কারবা,
খোইমু-কনা মতৌবু, শীংনবগী মতাগুম ॥

থৌজাল-লৈহৌ ফংলবা, তাইবং-মিংথম শুমহৎপা,
পুক্নিং-তুজুং পোকহনবা, পামেল-উজাও কয়ানা ॥

নোংমাইচিংগী 'চংংক্তা, শিংজীগী মনাক্তা
চিংনা লেমনা থৌজরি, উপাল মচা থোগল্লি ॥

শান্তি ফংলবা পামেনদো, জ্ঞানগী মীকপ থোকখ্রেদো ॥
আশাগী মহৈ চুমখ্রেদো, সংসার-লালফন ভুমখ্রেদো ॥

---

### অনিশুবা পন্দুপ

# লৈশাং মতম রাংলিঙৈ

### লৈথোংশংবা পাইরকপা।

লৈপাক প্রজা চমরেণ, লৈথোং শংবা খোইমুরেণ
লাইনিং পরৈ চেংচরেণ, থম্বাল লৈতেং থইজরেণ ॥

"চিঙ্গোই বারুণী"

চিংথক-থম্বাল শকহেনবী, লৈশাং মতম রাংলিচৈ
লৈহী খোবোম পাম্বনা,—লৈকা কনবা ঙাইঙমত্রে ॥

লৈশাং মতম ঙাইবদা, লৈখোং শংবা খোইমুদো,
য়াপ্রবোইদো পুক্লিংদো, শাংপ্রবোইদো মতমদো ॥

লৈরাং লৈকম পাংথরে, লৈনা লৈনা পাইথরে,
লৈরাং লৈখোং য়োথরে, লৈগী লৈওঁ উথরে।

লৈরাংনবু পোমল'স্থু, লৈগী মাইখোং উবদা
লৈখোং শংবা খোইমুদো, হরাওদবা ঙমদেদো ॥

খোইমুনদি হরাওজ্ঞ,—থম্বালনদি পোম্নলৈ,
খোইমুম নোদম্বা থুজিন, থংবা ঙমদে কনানা ॥

লৈখোং শংবা উবদা, লৈকা কনবা য়াংলিবী
মতম লৈশাং ঙাইরিবী, চিংথক-থম্বাল নিংথিবী ॥

নোংমাই চবুক হাইথরক, চিংথৈ কীহুপ হনজিনৈ
লৈরাং মতম নত্তনা, লৈকা কম্বা শাংলক্লে ॥

ঙক্লি তাইবং লীলা হেংলিবা, মতম নত্তনা লৈরাং শাংপা
ঋতু নত্তনা হৈরাং মুনবা, বসন্ত নত্তনা হেনিং হনবা ॥

## "চিঙোই-বারুণী"

লৈরাং লৈনম ফংলবা, থবাল শাংলে ফংলবা,
প্রজা-খোইমু ঋতুগী, কনাগুম্বা খোইমুনা ॥

লৈখোং শংবা খোইমু, কোইনা কোইনা থিরক্লে,
লৈরাং মাগী মথণ্ডা, খোইমু রাবো পোক্কেদো ॥

থিজমনগী মপাম্বা, লৈখোংশংবা ফংলরে,
থবাল লৈকা জোংলরে, লৈরাং লৈহৌ চুপলরে ॥

লৈখোং শংবা থিদবা, প্রজা-খোইমু লৈপাবা
লৈহৌ খোবোম থম্লিংবা, থম্বাল লৈঙৌ থংনিংবা ॥

নোঙ্গৌবী কৌবী চেক্লা, রাশ কৈরা মথক্তা
মতম লাইজ চাইবগুম, মতম লৈশাং চাইথরে ॥

লৈখোং শংকা খোইমুদো, লৈহৌ খোবোম পুহনদ,
আশা মপুং কাহ্নুনা, মোংবা মরান পাংথরে ॥

বথি থুংশেম চকইদা, লৈখোং শংবা পাইথি'দা
থম্বাল লৈকা উমথিদো, অহিং লৈশক ওইথিদো ॥

---

### অহুমশুবা পন্দুপ

# থম্বালনা পোমলিঙৈ

## খোইমুগী অবস্থা

পোম্বান্নবী নিংথিবী, নৈকা ফনগে তম্নকপী,
খোইমু খোইরাং পোকহনবী, নৈবাং থম্বাল শকহেনবী

নৈকা ফনবা ভাইরিবা, চিংজাও খোইমু মকাদা,
অরা-মৈচাক পিরক্লি, ইন্দ্রি নৈরাং কংহল্লি ॥

নৈরাং শাংপা ভাইবদা, শাবী-শানৌ খোইমুদো,
রানা লেনখি মতমদো, চারু নৈখি পুক্লি দো—

মতম খোংচৎ পোথাদে, থিংবা ঙমদে কনানা,
য়োবা শোইদে অপামকা, থুংহল্লি আশা-'পুম্বা ॥

মতম ঈচেন্দা খোংদাবী, মিথা পোম্দবী নিয়তী
থম্বালগী মকা য়োরক্লে, খোইমুগী আশা পিরক্লে ॥

অহিং মতম হৌরক্লে, চহি কুমজা লেহুক্লে
ফুংঙাইবা নোং যংলক্লে, অরা মৈচাক ইংলক্লে ॥

যাওশং মতম ওইরক্লে, চিঙ্খৈ ফৌতু[illegible]
"চিঙ্গোই বারুণী" নক্লে. কুইরক্তরে নাঙংলবা ॥

চিখৈ ফীতুপ হুনবদা, থম্বাল পোমশাং-নরক্লে
মৈচাক পুবা খোইমুদা, নোংজু ফুইনা তারক্লে ॥

অদ-মৈচাক মুংখবে, কংলম্বা ইন্দ্রি লৈরাং,
য়েন্নিং চুন্ন হুল্লক্লে, আশা-মনা পুংলক্লে ॥

হৈনৌ মযোল হুল্লকপা, কোকিল মথোই কাহল্লি,
নোংখোং ফুইনা মংলকপা, রাহোং সাথেক হাপহল্লি,

পোমশাংনরকপী থম্বাল, খোইমু মপে লাংহল্লি,
থমোই ঈথক কাহল্লি, পুক্লিং ঈপোম হোহল্লি ॥

তাইবং মপু খুংশেমন, তাইবং পুক্লিং ঙকহল্লি,
মহাক্তনা মশেম্লি, মাম্নহল্লি ইন্দ্রি'ওঁ ॥

রস চুপ্পা মতমদা, কনাবু কনাদগী,
খেন্ন হন্না শেমলম্বা, মাগী কোশল উহল্লি ॥

উনা-শিংনা কয়াগী, হৈপাল লৈপাল মহৈগী,
রস খংবা জীব-কয়া, তাইবংপান্দা শেমলম্মী ॥

হৈনৌময়োল মহাওদি, কোকিলদবু থংহল্লি,
থম্বাল লৈহী মশক্তি, খোইমুদবু উহল্লি।

চিংথৈ ফীত্তপ হুনবদা, য়াহৌওনবা খোইমুনা,
খোইমু-মপাং তিন্নবা মপুকোলোই শোন্দুনা ॥

লৈকা ফনবা ভাইজখি, হরাও মথে লাংজখি,
হুংভাই ঈথক কাজখি, মাইকৈ-'পুম্বা নিলহনখি ॥

মপু-কোলোই মনিম্না, উদ'-তুংখুন হুনলিবা,
খংদ'-খোমলেন মংলিবা, খোইমু কাংলুপ কয়াগী ॥

খোমলেন তুংখুন কাইহনখি, হুংশি-মীকপ থোকহনখি,
লৈপুন-আশা খলহনখি, আশা-য়েনিং হুলহনখি ॥

"ইহুং-শোরা ভাম্লনি, খম্বাল লৈকা কম্লনি,
লৈরাং লৈহী চুপ্পদা, পাইমিন্নসি" হাইমিন্নে ॥

কনাগুম্বা খোইমুনা, পাইমিন্নবা মরুপত',
লৈমিন্নবী মতাদা, মীকপ থোকপা উহন্দে ॥

অমুক তুংখুন হুনখিদে, য়েনিং-মউ ফাতুনা,
লৈপুন চানা শেমজখি, তাইবং-লীলা য়াওজখি ॥

কনাগুম্বা খোইমুনা, মীকপ থোকপা উহনখি,
অমুক কোঙ্গোল য়াতাখি, তম্না মীকপ থোকচখি ॥

খোইমু কনাগুম্বনা, য়াদি-তুংখুন হনখিদো,
মীকপ থোকপা লৈখিদ্রে, য়েনিং-মতোন কংখিদো ॥

নোংদম্বনা শান্নরি, কনাবু থাগৎহল্লি,
কনাগুম্বংবু চৈহল্লি, মী ওইববু ওকহল্লি ॥

মরিগুবা পন্দূপ

# লৈপাম্বা খোইমুশিংনা মোংবা মরান য়ানদগী

থম্বালতম্না পাইখোকলকপা

কোরৌ হনবা হুন্দোকপা, রাংলেম পুঙ্গোই য়ামলক্লে,
চীংজাও খোইমু লৈপাম্বা থম্বাল শাংকম তমলক্লে ॥

লৈরাং তমবা খোইমুগী, য়ারা খোঞ্জেল তুং তুংনা,
মাইকৈ পুম্বা নিল্লক্লে, পুক্লিং হুবা ওইরক্লে ॥

মোংবা মরান য়ানদগী, লৈরাং তম্না পাইখোকপা,
শাবী-শানৌ থাইমুন, চেক্লা চিল্লোকনরক্লে ॥

অমুবা ফীজোল থাল্লিবী, অরাংবা মাইখুম থুমলিবী,
মণিগী লিকলাং শিনিংবী, প্রকৃতি কোবী লাইরেম্বী ॥

মীংস্না থম্বাল মাঞ্জনী, কোস্নো নোঁদোল নিংথিবী,
মীংগ্নু ঈস্না চেন্দুনা, মালেম লৈমাই মথক্ক ॥

পীপী চহুম তাবম্বু, পারী চেংলো স্নেংবদ',
মমোম মাইথোং উবদা, পুক্কিং স্নারা পোকপোইদো ?

অমুবা ফিজোল 'হুংদ', পাংথী-কোমথী ময়াইদা,
উমং-স্নামং মহুংদ', শেম্বী-লৈক্রক মথক্কা ॥

চস্নোং-তুম্বো মথক্ক', চিংজেপ ফকপাং শাবদা,
লৈকুং লৈতোং লমদমদা, হুং.জ্র'-হাজ্রে মস্নক্ক ॥

থাওদল ঙমনা থোংচবা, স্নেনিং ঙমনা নৌজবা,
পাস্নী-মমোম থোং-শানবা, "স্নাগনিকো" থনবোইদে ?

পারী-নমোম স্নাংনদ', স্নাঞ্জবোইকো ! ইমাও !
মীকুপ-পুংজা নাইহুনা, ভেংথা-খোজেল ছাইনবা ॥

প্রকৃতি কোবী দেস্নীগী, মীংন্নু ঈস্না উস্নগা,
তেংথা য়াস্না স্তাস্নগা, খোইমুশিংনা থনবোইদো ?

ইমাগী স্নাম্না কস্নিমো ? হৈস্নাং লৈস্নাং কংলগা,
ইমাগী পেনবা ওইগস্রা ? পেম্নোই হৈস্নাং লৈস্নাংনা ।

অমুবা কীজোল থোম্লিবী, "প্রকৃতি" কৌবী ইমাদি
ম'গণী মথল পাম্বনি, মুক্তো অচৌবা নিংবনি ॥

ইমাগী খুয়া থাদা, মণি-মুক্তা কংলগ,
পারী কাদা পেম্বিগনি, মযোম কাদা চানগনি ॥

মমাগী অপাম্বা পোং, মচাদনা থংবৌইদো,
মণি-মুক্তা কংলক্লে, মতুং মতুম ভাম্লক্লে ॥

মণি-মুক্তা উবদা, প্রকৃতি কৌবী দেবী,
থমোই 'মুংদা পেনশ্রথোই খুংথেংননা লৌথ্রেদো ॥

লিক্লেং হৈবী দেবীনা, লম্বী-লংলা মথক্তা,
ম'ণি পরেং লেংলক্লে, মরক্তা মুক্তা থামলক্লে ॥

কীজোল মতেক হাইদোক্লে, থবাক-'অতিয়া ময়াইদা,
লিক্কী লিকথাং কাইদনা, লিক্লাং পরেং থোক্লক্লে ॥

"প্রকৃতি" লাইরেম্বীনা, কীজোল 'মুবা থোম্দুনা,
মণি পরেং শিবদি, ভাইবং পুক্লিং ওমইদো ॥

পারী-মযোম থাওমক্লে, কীজোল 'মুংদা কোনশক্লে,
পারী থোংদোই ইক্লক্লে, মযোম থোংশান য়াওরক্লে ॥

ফৌজৌন 'হুংদা ঙাল্লিবা, "মরক্তা মুক্তা থামলিবা,
চামনা খুজিং উইরিবা, মণি-লিক্লাং পম্লেংনা ॥

থোইমু মীগী মমাংদা, ফৌজেং-লংজিন মথক্তা,
থবাক 'তিন্না অয়াইদা,' থোংগী থোংথাং থুদিংদা ॥

অকে' সাধেক হাপ্তুনা, থোইরুম যোমোন নোক্তুনা
ভক্তি-জগোই শাক্লুনা, থোইমু মীংকম হত্নুনা ॥

হাইনা হম্না নিংথিদো, কেনা নোনা ওল-থোইদো,
লুনা-হেম্না ফৈজেদো, পুক্লিং-হবা ওইজেদো ॥

থম্বাল মাইকৈ তমহুনা, লৈহী পাম্বা থোইমুনা,
তময়া-লমমী লমদমদা, উপাল-বাপাল থুদিংদা ॥

মিংচি-মিংলৈ লৈহুনা, পম্লেং পম্লেং শাহুনা,
জুরা জুরা খাইহুনা, তগুপ-তম্লেং পাইরক্লে ॥

মলয়া হুংশিং নামীবা, লিরি লিরি হুমলক্লে,
হৈনম লৈনম পুহুনা, খোংদোই মতেং পাংলক্লে ॥

অহিং তাংলৌ চাক্তাবী, ইন্দ্রি-লৈরাং খোংদাবী,
তাইবং শান্তি পিনবী, নিদ্রা দেবী-হয়িংথোই ॥

খোইমু চেংলৌ নৈকোলদা, মকা কমা শাংলকপা,
ইন্দ্রি-নৈরাং ডুবদা, নৈকোল তমা পাইরক্রে ॥

নৈকোল মপু মাংলিনা, তুংশি রারী-খোংশংদা,
নিদ্রা দেবী-হয়িংখোই, চংহনগনু থিংলক্রে ॥

তুংশি-রারী খোংশংনা, তুংভাই'-চৈহুপ পাইহুনা,
নিদ্রা দেবী-হয়িংখোই, নৈকোল 'তুদা চংহক্রে ॥

নৈরাংনু কাও'উমদবী, নিদ্রা-দেবী-হয়িংখোই,
নৈনা নৈনা পাইহুনা, নৈকোল 'নাকা নৈথরে ॥

খোংশং হাংবা তাঙ্গাদা, চৈহুপ থাবা তাঙ্গকা,
নৈকোল 'তুংদা চংহুনা, "নৈহী চুপকে" জাইথরে ॥

খোইমু জুরা পাইনজৈ, কোলোই মপাও মেমজৈ,
নৈরাং নাচোম লামজৈ, হৈরাং শেংনা পাইনজৈ ॥

লমলেন লমদম হংনজৈ, অরা পোংথা ওইনজৈ,
নৈত-লাইর হাইনজৈ, পুক্লিং কিশি খোরজৈ ॥

জুরা-জুরা পাইনবা, পুণ্য-লক্ষ্মী চংপদা,
ধর্ম্ম কর্ম্ম মজমদা, বৈদিক নিচং উহনত্রা ?

পারী পোকপা পহ্নোগা, মযোম পোকপা পহ্নোগা,
নাপচিক্লা থানরে, পুক্লিং রাথল চা-নরে ॥

নোংমা কোরৌ ছুমিত্তা, পারৌ মযোম অনিদে,
বৃন্দা দেবী সাক্ষিদা, নৈপাক প্রজা মমাংরা ॥

নৈরাং নৈপুন শেমতুনা, থুক্লেং পালোইন হন্দুনা,
মন্ত্র-থৌরী পুনপক্লে, পুক্লং রাথল হোংহক্লে ॥

তাইবং লীলা যাওহক্লে, নৌবা মিংথোল হাম্নিরে,
"দম্পতি" কোলোগে থোনবিয়ে, পুন্স থোংথাং হোমহক্লে ॥

বেদ পাওমেন পিরিক্লে, "দম্পতি" পুন্স 'মুংদ',
ধর্ম্ম কর্ম্ম মছমদা, ছায়া ( মিপী ) শারুং কৌমনি ॥

থোইমু থোংদ্রোই হল্লকপা, লমলেন লমদম আম্রক্লে,
ইরিন থেৱা লালক্লে, অর, চৌংজেপ পাংলক্লে ॥

মাইকৈ কয়াগী থোইমুনা পাং-হুংশি "মারণ" আয়ক্লে,
পোইরৈ কয়াগী থোইমুনা, "রাকথ" মাইকৈ মৌয়ক্লে ॥

নৈরাং মাংলা কুমিংপু দোইথাং কুইনা চাইথিরী,
থোইমু মাপেক মেমনিংবী "মারণ" কোৱৌ প্রাংহুলী ॥

## "চিঙোই বাক্ণী"

খোইমুঁ খোঞ্জেল ভাবদা, "খিৎনা য়েংগে" খনবোইদো ?
মিৎস্না লাওনা পাংলম্মৗ, হানৌ মরিক শেংলম্মি ॥

লিক্লাং পরেং চুমনিংবী, "প্রকৃতি" কৌবী দেবী,
পরেং মতং-মতংপু, কিশি শম্বা হৌরক্লে ॥

চাম খোক্রম্বা পরে'দো, 'নিদ খোক্লা লেংলক্লে,
লিকলাং পয়েং চুমলক্লে, পুক্লিং হুবা ওইরক্লে ॥

য়ারণ পাংকী পাং-'য়াইদা, য়াকথ লমদম ময়াইদা,
"প্রকৃতি" কীজোল 'সু'দা, মণি লিক্লাং মঙালদা ॥

থুনিং মোইদোল কাংচন', তুংশি সাথেক্ হাপতুন',
"অয়ো" খোঞ্জেল হাহহুনা, তুংশি' মাইথোং য়েংহুনা ॥

শাবী-শানৌ-খোইমুনা, জুরা-জুগী নাইহুনা,
পয়েং-পয়েং লেংহুনা, পংথৈ পংথৈ থাইহুনা ॥

শেম্বী নৈত্রক মথক্তা, মালেম অকুং অঙোংদা,
চয়োং হারু ময়ক্তা, লাইয়ুম শাব লৌবুক্তা ॥

থমব্রাং থমব্রাং পাইনবা, পুক্লিং কিশি খোক্লক,
মিংচী-মিংচৈ কোংনবা, মাইহথোং মকা লামবা ॥

কনাগী পুক্লিং গুমখিদো, থমোই-ইথক হোৌদিদো,
মীকম ছনা য়েংখিদো, কম্লক রাথল পোকখিদো ॥

তাইবং লালকম শেমলিবা, "রতি" দেবী মপুরোই,
"কাম" কৌবা লাইছুনা, য়াথং হিক্তোকই থনত্রা ?

নাইত্তোম পাইবা খোইমুদো, "গুমহং কৌবা ত্তেনজিমা,
লিরী কমা চিংছুনা, সাকু কমা থারকপ ॥

"কামগী-ত্তেনজিন" খৌইদ !! যোগ-কুম্রিং লিংলবা,
তাইবং-লালকম থারবা, মায়া-খৌরি করুবা ॥

যোগি লাইনিং কয়াস্থ, মহাক্রবু থার'দি,
লালকম 'সুংদা তাগ'বোই, খলংস্লাষ্ট মহাকপু ॥

য়ারণ পাং'সুং লানখোক্রে, রাকথ লমদম ছুংওইয়ে,
অরা চিংজিন ফংলক্রে, চিংজেপ-কক্লাং কাথংলে ॥

অরা-চিংগী চিংথক্ত, নেমত্তক ত্তোবা উপালদা,
মালংখমা য়ৈরকপা, পোষ্মী চেক্রা খোংলকপা ॥

কনাগুমা খোইমুন, হাইজরকই মত্তাদা,
ত্তমজররকই মরুপত্তা, য়েংউ ! ত্তাওলে ইত্তায়োই !"

মাইথোং মকা লাম নক্তে, খোইরুম মোমোন নোকক্তে,
অরা-অনা হাইনক্তে, লমলেন লমদম হংনক্তে ॥

ফম্রিবা পোইরৈ লমদম্না, কোলোই মিংথোল করিনো ?
তারিবা য়ারা খোঞ্জেন্না, চিংউ কনাগী মপাওনো ?

তাবিয়ুনে ইতারোই ! হাইজগনে মরুপলোই !
লমদম কোলোই মিংথৈরোগ, য়ারা খোঞ্জেন মপাও-খোন ॥

তাইবং লীলা শেম্লিবা, ভক্ত থমোই ডাল্লিবা,
অরা খুজিং ডাকলিবা, মধুসূদন কৃষ্ণনা ॥

মণিপুর পোইরৈ লমদমদা, "কাইন" চিংগী চিংথক্তা,
চিংমাই লাইথন শাবদা, পামেন উজাও থৈবোদা ॥

"স্বর্গদেব" শাইকোন্দ, শামু লনশা কাউডদা,
"কর্ত্তা" নিংথৌ মলান্দা, "চিংথখোম্বা" খোমলেন্দা ॥

সাথেক অছম উংতুনা, রাস ফীজোন খোন্দুনা,
বন-মালা শিত্তুনা; মুলী খুংকাং পাইতুনা ॥

কাওখিবা তাইবং মপু, কনখিবা নিংথৌ গাদা,
ডাল্লিবা মণিপুরদা, লাংনলিবা নিংথৌরেণ ॥

মত্তম ঈচেল য়েংহুনা, মনাই মশক থংহুনা,
"ধর্ম্ম ঙাক্কে" হাইহুনা "পাপী শুমগে" থন্দুনে ॥

"নীলগিরি"চিংথক্তা, "নীলকণ্ঠ" মনাক্তা,
অগ্নিদেব মমাংদা, "বোধচন্দ্র" থমোইদা ॥

উদ্ধার সাধেক উৎহুনা, ঙানকম লমদম তাকুনা,
কোলোই মিংথৈ হাইহুনা, সায়নথিবা মপুনা ॥

ঙাম্নরিবা লমদমনি, মপু মিংথৈ লোহুনা,
"গৌরনগর" কৌনবা, গৌর-গোবিন্দ ঙাম্নকম ॥

হরাও' পুক্নিং হৌনকম, হুঙঙাই' য়েনিং হম্নকম,
হুড়া মনিং তম্নকম' পাথং চনিং তানকম ॥

গঙ্গা-দেবী পোৎথাকম, থম্বাল শাংকম তমথংকম,
পোইরৈ লমদম লমহুংশি, "চিঙ্গোই-মরু" কৌইদো ॥

তারিবা য়ারা খোঞ্জেন, অতৈ য়ারা নত্তেদো,
য়ারা মাবু তারগা, মিৎলু ঈরা হোইদো ॥

পারি শক্তম উদবা, মমোম মাইথোং য়েংদবা,
লোইদাং থাশিং য়ামথরে, চহি কুমঙ্গা কাররে ॥

"ঙসি কোরৌ চুমিংসি, পারি মযোম লাকনি,
খোম্লাং থম্না ইন্নুগে, খুংব্বাং চান্না কোন্নুগে॥"

পাইমা-'চুংদা থজবী, "ভাগিরথী" কৌজবী,
অটা 'সুংদা লৈজবী, গঙ্গা দেবী ইমানা॥

শিব য়াথং লৌচুনা, পারি লাইকৈ য়েংচুনা,
মযোম লাককম তমচুনা, জটাদগী শিবগী॥

থৌচু সুংচুম মথক্তা, নাপী-শিংবী মরক্তা,
উমং-রামং মনুংদা, পাম্বা কৈরেং মমাংদা॥

অকি-অথং লৈতনা, অতং-অথম য়াইদনা,
কুম্বি-কালেন থাইদনা, অহিং-নুংথিল য়েংদনা॥

থেক্লা-খোইনা চেম্‌হরকপী, লাওনা-খোংনা হাইথরকপী,
গঙ্গা-দেবীগী খোঙ্গেন্নি, ভাগিরথীগী মিংগোনি॥

খোঙ্গ্রাই-লাইখল শাচুনা, মকম অসিদা পোংথারি,
খুংলাম তোইনা কৌশিল্লি, "ত্রোং" "ত্রোং" হাইবা মিল্লোনা॥

কম্মুসি তম্পাক 'থক্তা, কোলহল্লুপ ইমাবু,
য়ারুসি অমৃতবু, থকউসি খোবোম থম্না॥

"ভাগিরথী" দেবীনা, ঐখোই 'পুম্বা উহল্লি,
পাল্লি মমোম মকমদা, পহলমগী অমাং কনবা ॥

অল্লা-অনা নাইদেদো, অকি-অথং থংদেদো,
অনা-অয়েক য়েঙদ্রেদো, অইং আশা থাইদেদো ॥

উদ' থংদ' হংনবা, পোইরৈ লমদম হাইনবা,
য়াল্লা খোঞ্জেন তাক্লবা য়াদি থুদক অহুদা ॥

খোইমু পুক্লিং-লৈকোন্দা, থম্মাল শাংকম য়োৎহনা,
লৈহী ফংনি খনবদা, ক্লুংঞাই'-য়েনিং হুপ্লক্লে ॥

ভাংজ-মরাই লুকুনা, খুবাক-চাংজৌ শাহনা,
পুক্লিং ঈচেল থাইদনা, তাইবং মপু খুরুমলে ॥

"প্রকৃতি" কৌবী দেবীসু, গৌরগোবিন্দ মমাংদা,
ভক্তিগী-শাহুৎ উৎলক্লে, লিক্লাংগী পরেং হুক্তোক্লে ॥

নাপী-শিংবী মথক্তা, লিক্লাং লংনা তংতুনা,
চয়োম চয়োম তাথরে, খোইমু 'নাক্তা'তালখরে ॥

মতুম মতুম তাথরিবা, খোইমু মনাক্তা তাল্লিবা,
মরক্তা মুক্তা থামল্লিবা, মশিংগী লিক্লাং লিংথিবা ॥

গৌরগোবিন্দ ভাম কম, গৌর নগরদা লৈহ্না,
"প্রকৃতি" দৃশ্য য়েংলিবা, কনাগী পুক্নিং-ইংখেংশে ॥

লাংতক-কাংথুন হল্হল্লে, কল্পনা-চারা লিংহল্লে ॥
মাখল-হান্না হাপহল্লে, যোগ-সম্বন থাহল্লে ॥

ইংথোন'স্নুংগী লৈতেংংলাই, বিষয়-থৌরি পুলম্বা,
ইন্দ্রি-কাওরেন ময়ামদো, যোগ-সম্বন থাবদা ॥

ইংথোন মপু মালিনা, থৌরি কোক্লোই হক্তোক্লে,
লিংবা চারা মাহকেদা, কাওরেন চংবা ভমলক্লে ॥

চারা ময়োল চোংলক্লে, মনা নিংথিনা-পুংলক্লে ॥
মঙ মপুং ফারক্লে, পান্দোং নিংথ—জরক্লে,

পান্দোং মপুং ফাবদা, ইংথোন মপু মালিনা,
অচং অওক্তা হাইরক্লে, পান্দোং ফজবা য়েংহল্লে ॥

মতুম-মতুম নিংথিবা, অঙাং'-অঙৌ য়ামবা,
ইরং-ইরং লংলিবা, য়েংঙ-আদা ভাক্নি'সে ॥

অচম্বা পোং ওইরমোই, মঙাল মতৌ অসিনা,
মকম মওং-মতৌনা, নিংশংহল্লি ঐহোক্না ॥

চিং-লাইরেম্বী দেবীনা, মপু কাওরবনি থুম্বুনা,
মতম খোংথাং লাইহুনা ভর্ত্তিগুংদা লোক্লম্বা ॥

খংহৌদনা কাওরকপা, "গৌরগোবিন্দ" ঢৌবদা,
পুক্নিং আশা থুংহনা, হয়াও পল্লোন লোমহনা ॥

মপু-মাগী খুধাদা, কংকে হায়না থোরাংবা,
থুবাম থুবাম পেকখোকপা, মপৈ-মপৈ পৈশনবা ॥

মণিমুক্তা মযাম্বি, চৌনা ঙনবা মুক্তানি,
ঙাংনা ঙানবা মণিনি' মানা পুক্নিং শুম্মংলি ॥

চিং-লাইরেম্বী দেবীনা ঙসি নিংশাংহল্লিব্রা ?
মণিপুর মিংথোলগী, কাওথ্রবা ইতিহাস ॥

থোইমু সঙ্গু সঙ্গুনা গঙ্গা'নাক্তা চংলক্লে,
খুংবী চাংঙৌ শাহনা, হাইজংক্লে গুরাদা ॥

ব্রহ্মাগী খুজাইদা লৈতেংবী, বিষ্ণুগী খুঙ্গদা পোকচরী,
শিবগী জাটাদা ঙানখোইবী, "ভাগরথী" কৌবী ইয়াও !

লাইশোন্দ লৈহবা নপারিনি, চিনশোন থংহবা নুঙ্গোয়নি,
য়ারা খোঙ্খাং শুক্রিযৌনি, অক্তি লৈতবা নচানি ॥

ইমাগী তুম্পাক'থক্তা মাংলেম মীকুপ থরক্ন;
কমদগে কে ? চমাও ! অকোন্-ভরান থাকপিন্থ ॥

থুংকাং চাম্বা কোনশিন্থিয়ু, অমৃত খোয়াং ইথিয়ু,
পাপকী মহৈ কোকহল্লিয়ু, লিংবা পুন্না থুংহল্লিয়ু ॥

মচাগী মায়া তাবদা, গঙ্গা কৌবী ইমানদো,
পুক্নিং হরাও' পোকপোইদো, তুম্পাকংক্তা কোইথেরো ॥

পারি মযোম্ মাইখোংদে, চিংনা-চিংনা য়েংখিদো,
অমৃত খোয়াং ইথেদো, খোবোম থন্না পিথকটে-দে ॥

গঙ্গা তম্পাক কমদুরবা, খোইমুনী লুম্-লমহনা,
মমাগী বিদায় লোদ্না, থোকলগা লেম্নু তম্ব্রে ॥

খোইমুগী খোংথাং য়েংহনা, "প্রকৃতি" কৌবী দেবীস্থ,
হাম্নগী ফীজোল থাদ্না অনৌবা ফীজোল হোংনিংলে ॥

অমুবা ফীজোল নাথরক্, অঙৌবা ফীজোল হোংথিরৈ,
হৈরক মৈরকী ফীজোম্বা মাকথাং ফীজোল পোনথরে ॥

"মাকে থাংবা" ফীজোল প্রানবন্ধ মাগন্নি পাওজাক্ মিনা ।
"মাগুন খবর" পাওজেল কন্না ? "মাঙাং চপ্প", পাওজেল্লা ॥

হায় সে'লম্বা কীজোলগা, হোংগদৌরিবা কীজোলগ,
শম্নবা য়াদে তাকপরা ? শোরুং-য়াদে থনবরা ॥

"থোইমু"বু "ভারত" মবেক্লা, "প্রকৃতি"বু "মণিপুর"না
"কীজোল"বু "রায়েল" রাহৈনা, শিম্না বাহং পাওথুম কংঙি ?

"প্রকৃতি" কীজোল তোংলমদাই, নৈপাক-বাবেল ওল্লমদাই,
যুকী থোংচৎ লোইরমদাই, পুজি থোংথাং লেপলমদাই ॥

থোংবা মরান থাগদু – সন্ধ্যা লাইযোক হিংববনি ।
রাত্তাং-কীহুপ কাইগদু – পাটি'দুংদা চম্বনি ॥
পাপকী লিচৎ চৎকদু—অতোং অতং নংববনি,
কৃষ্ণনামবু কাওগদু—স্বর্গ-থোংদা কংদবনি ॥

---

মণ্ডাশুবা পন্দুপ

খোইমুনা লেম্ফুদগী

থবাল শাংকম তমথংপা

'প্রকৃতি' কোবী দেবী, রাকথাং' কীজোলগী ময়ক্তা,
খোইমুগী লদু পয়েংদো, থবালগী লেম্ফু লোথেদো ॥

থম্বাল লেমফু লৈতাকম, গৌরগোবিন্দ খুযাদা,
ভক্তি-লৈবাং কংলগা, থম্বাল শাংকম তমথংগ্রে ॥

লৈচীন নোংফাই মবক্তা, পোম্বী চাক্তা মাইকৈদা,
উরোক সঙ্গ পাইবদো, মাঞ্জখিদো মতমদে ॥

ফীজোল 'মুবা নাম্বগ্রে, ফিজোল 'ভৌবা হোংগংগ্রে,
ফীজোল য়াকথাং থাদবে, ফিজোল হোবা লাইখরে ॥

য়াকথাং ফীজোল খোনভৈদা, "শাক্ত'যাদে" তাকখিবা,
"শম্মা'য়াদে" হাইখিবা, "প্রকৃতিগী" য়াথংদো ॥

মাগী কুচু যেংবদা, ফীজোল 'মুবা মাঞ্জবা,
কনাগুম্বা চেল্লানা, কাওখিদ্রে পুক্লিংনা ॥

"প্রকৃতিবু" বিবল্লে, কোলোই মমিং হাইরক্লে,
ফীজোল নম্ভে তাক্লক্লে, মাইকৈ 'পুম্বা নিক্লক্লে ॥

চেক্লা মাগী য়ারানা, তাইবং য়াহৌ পিনৈদো,
পাওতাক পিবা চেক্লানি, পাওজেল তম্বা উচেক্লি ॥

ফীমু 'মুংদা য়াহিপ্পী, পামেন 'থক্তা য়াতাবী,
কৈরা থক্তা য়ারেকপী, উনা লক্তা য়াওম্বী ॥

চেক্লাগী সঙ্গু কয়ানা, মাগী থংনবা মরোম্না,
মপুগী কোপোই শোল্লক্লে, "প্রকৃতি" খোম্লাং থক্লক্লে ॥

"প্রকৃতি" খোম্লাং থক্লগা, য়ায়া খোম্হাং শুজ্জেদো,
পাইমা লৌশিং পোকচৈদো, ইন্দ্রি মরোল চোংজেনো ॥

ফীভৌ 'হুংদা য়াহিপ্পী, ফীমু 'হুংবা য়াংহোদী,
মাইকৈ থাপ্পা চাক্তাবী, পোইরৈ তাম্না চাকখিবী ॥

কনাগুম্বী চেক্লানা মপাম লমদম পাংলক্লে,
ময়ুম মাইকৈ তম্লক্লে, মশাই-কোন্দা চংলক্লে ॥

মালংতিয়া লুহোংলক্লে, উপাপ থুংথেক হাপ্লক্লে,
রাপাল জ্রগোই শারক্লে, উরি শাথেক উংলক্লে ॥

নোক্লম্বা লৈপালশিংনা, মাইথোং লাংশনখরে,
মাইথুম ফীরুক থুমখরে, মানগী শকওঁ লোখরে ॥

নৈ'মাম্নবী য়েংলুরে, নৈকা ফম্বা উরুরে,
নৈরাং নৈকোক লোইখরে, নৈমাই থক্তা তাখরে ॥

মানগী তমথৈ য়োথরে, নৈরাং মাদা কাইদোংবা,
কনাগুম্বা চেক্লাদো, রাজপ্রেদো পুক্লিংদো ॥

নোক্লমদবী লৈপান্না, মাইথুম ফীরুক হাংল্‌ক্লে,
মাইথোং মকা লাম্লক্লে, মাপ্পু হাইনোক নোক্লক্লে ॥

লৈরাং মাদা কাইদোংবা, রাজরম্বা চেক্লাদো,
নুংঙাইখ্রেদো থমোইদো, হরাওখ্রেদো পুক্লিংদো ॥

ফীজোল 'ঙৌবা খোল্লকপী, "প্রকৃতি" কৌবী দেবী,
তাইবং লীলা উহল্লি, রস মথন য়েংহল্লি ॥

চুপচরি ক'বিনা, ঙকচরি পুক্লিংনা,
য়েংজ'রিদে তিংনা, উজরিদো থিৎনা ॥

খোইমু সঙ্গু পরেংদো, থম্বাল লৈকোক য়োরক্লে,
স্বর তাম্বা পিরক্লে, "হৈ"গী খোম্বাং হাপ্লক্লে ॥

উরিয়েৎপা পামেনগুম, পামেন কোম্বী উরিগুম,
ফক্লাং শাবা চিংখাংদা, খোইমু খম্বাং নিংথিদা ॥

"প্রকৃতি" কৌবী দেবী, ফীঙৌ হোংবা লোইহনা,
মাইথুম লাংবা লৌথোকখ্রে, ঙাংঙা মাইথুম খোল্লক্লে ॥

থম্বাল লৈকোক ময়াইদা, হাও-না লেং লেং ময়ক্তা,
মাইথুম মঙাল য়ৈরকপা, খোইমু মাইথোং নিংথিদা ॥

"বিষ্ণুপুর"দা খোংদাবী, শিঞ্জেওল লৈহাও অগ্নিগা,
পানদম্লিংঙি কবিনা, চাংদমনিংঙি পুক্লিংনা ॥

থম্বাল শাংফম য়োরক্লে, খোইমু সঙ্গু পরেংদে',
মাইখুম অহো' মরক্তা, মাইখোং মঙাল ফাংরক্লে ॥

মঙাল মশেক লিশিংনা, খোইমু মাইখোং য়েবদো,
তাওজিং নিংথিবা মাইপ্তেদো, হৈরাং অমুম্ব' তমজেবো ॥

---

তরুকঙবা পন্দুপ

## বারুণী নুমিৎ থোক্তুনা চিংথক-থম্বাল-শাংলকপা

### প্রজা খোইমু ইল্লকপা

তাংলো পাংকী পাং'য়াইদা, 'মথা-কফুৎ মমুংদা,
তাদনা লুপ্তুনা লৈরম্বী, তাইবং-মালং মম্বীদো ॥

কো'রৌহম্বা মপুনা, মঙাল থৌরী হকতুনা,
মালেম 'থক্তা চিংখংলে, মতু-মমাল থিংলক্লে ॥

—পুক্লি 'য়াইদা খোংদাবী, অহিং চুপ্পা কপ্পম্বী,
লৈরাং থম্বাল নিংথিবী, মাইখোং লাম্না নোক্লক্লে ।

চহি কুমজা-অহিং হৌথ্রে, লমদা কুম্নিপাম্নি পাম্লে,
বারুণী লুমিং থোক্লক্লে, পুজাগী মঙাল ফাওরক্লে ॥

বারুণী-পুক্লিং-পুথ্রি ময়াইদা, কুমজা চুপ্প পোমলম্বী,
চিথক-থম্বাল নিংথিবী, লৈকা ফম্না শাংলক্লে ॥

লৈক ফম্না শাংলবী, লৈহী থম্না পুরবী,
লৈরাং থম্বাল শকহেবা, খোইমু পুক্লিং চুবক্লে ॥

লৈহী পাম্বা খোইমু'দা, থম্বাল-লৈঙ উবদা,
পুক্লিং লাংতক পোক্লকে হরাও পন্দোল লোম্লক্লে।

থম্বাল' নোক্লে নোকচবী, থহাল' রারে রাজবী,
পুথ্রি মপাল' থোংদাবী, থম্বাল চংলৌ মাপ্পবী ॥

কনাগুম্বী লৈরাংদো, থম্বাল নোকপা উবদা,
খোইরুম মোমোন নোংকুনা, থম্বাল মাইকৈ রেংলক্লে ॥

মো.মান নোকপা মাইথোং.দা, কেন-কেনা য়েংনজে,
লৈন-লৈমা উংনক্লে, মান' ঐনা হেম্বরা ?

থম্বাল মঙাগুম, মিহৌ-নবা মওঙগুম,
কল্লকুবা মতৌগুম, চাংদম্নবা মশক্কুম ॥

"চিঙ্গোই-কাক্নী"

পুম্রি মপাল অনিদো, থাক্নখিদ্রে লৈজবা,
লোংনখিদ্রে কজবা, উংন-খরে নিংখিবা॥

ঙুড় পাখং কয়ানা, য়েন্দাই খুঙা পাইদ্রনা,
লৈরাং লৈচন য়েংলকই, শিঙেঙল লৈশক খিরকই॥

পুম্রি মওঁ উগদা, মপাল মতৌ য়েংবদা,
ঙুড পুক্নিং য়া-ওনখি, পাখং পুক্নিং য়াকাইখি॥

খবাল শাংকম লমদমদা, লৈহৌ চুপত্রিঙৈ 'মাংদা,
য়াংলেম পুক্নোই খরদং, খোইমু শিংনা পোংথাকা॥

উরি য়ারি কয়াদা, উপাল-য়াপাল কয়াদ,
হৈপাল লৈপাল মাইকৈদা, মীংচী-মীংঙৈ লৈশখা॥

কনাগী পুক্নিং-মিংশেল্দা, খোইমু য়াথল মমিদো,
তোপ্না-তোপ্না তাখরে, তশেং-তশেং উখরে॥

লৌশিং পাকল কস্নিদা !! বন-মনুংদা লৈরিবা,
কাওমজ্রবা শামুদো ইয়াই লাইনা কারকই !!

কলম পাকল নিংখিদা !! মিংশেল' মুংদা তারিবা,
লৌখোক য়াজ্রবা মমি, লৌখোকদি ইকোম-কোয়া।

"চিঙ্গোই বারুণী"

অতোপ্পা মিশেল 'সুদা, মিগী মিথাং তাহল্লি
যুমগী যুমথাং য়ৈহল্লি, থুনগী থুম্বাং লানহল্লি ॥

খোইমু চেংলৌ-লৈকোল্লো, লৈথোং সুনা শেংদোল্লে,
ইত্রি-লৈরাং ময়ামদো, তরু-তরু শাংতোল্লে ॥

চেংলৌ শেংবা লোইহনা, প্রজা-খোইমু লৈপাবা,
লৈহী কংকম লৈকাদো, কোইনা-কোইনা য়েংল্লে ।

অকে' সাথেক হাপহনা, ভক্তি-খোল্লেন ওংহনা,
থম্বাল লৈকা তমহনা, পাইশিল্লক্লে খোইমুনা ॥

থম্বাল লৈকা তোংজল্লে, শিবদর্শন ফংজল্লে,
লৈরাং লৈহৌ চুপচল্লে, 'নিংবা বর নিজল্লে ॥

বারুণী সুমিৎ থোকপদা, চিংথক-থম্বাল শাংকাইবদা,
প্রজা-খোইমু লৈপাম্বনা, লৈমাই-লৈকাদা তোংহনা ॥

বর-লৈহৌ চুপচবা, পোইরৈ কৈদা ওইরম্মোই,
লমথম কৈদা থোক্রম্মোই, পাম্বম লৈয়োই মালেম্মা ॥

---

## তরেৎশুবা পন্দূপ ॥

# খোইমুনা লৈখোং তানা পাইথরকপা

নিদ্রা-দেবী-হয়িংখোইনা চেংলো লৈবোন চংলকপা।

লৈবাং লৈহী চুপতুনা, লৈহী থোবোম পুতুনা,
খোইমু সঙ্গু পয়েংদো, লৈখোং মাইকৈ পংলক্রে।

মাইখোং মকা শাম্লব, খোইমু চেংলো নিংথিবা,
"প্রকৃতি" কৌবী দেবী, শকথম চুম্না য়েংনিংলে॥

মাইথুম ফীরুক হাংলকলে, খুনিং মোইলোন কাংলকলে,
মীৎস্না লাওনা পাংলকলে, চেংলো চিংনা য়েংলকলে॥

"প্রকৃতিগী" মিং'মাংদা, খোইমু ইকাই-হঙ্গোইব্রা?
লেপকক শাকক ত স্বাদা, হুংশি য়ারি শানগ্রে॥

তাইবং শান্তি পিনবী, ইন্দ্রি-লৈরাং খোংদাবী,
চংবা ওমদনা লৈরকপী, নিদ্র-দেবী-হয়িংখোই?

থোংতাক' চাংবা তাল্লক্তা, মীকুপ য়াকা য়েংহুন',
লৈকোল' হুংদা চংলকলে, লৈকা খুদিং তোংলকলে॥

ইন্দ্রি-মথৌ লৈইবু, তোইনা-তাইনা চুপ্লকলে,
লৈরাং লৈনম চল্লকলে, লৈকোন লৈহী য়াংলকলে॥

মীংকম থম্বাল পোম্লক্লে, নাকোং-থোংজাও থিংলক্লে,
খো-গী খোংথাং পল্লক্লে, খুৎকী খুৎ-হাই লাল্লক্লে ॥

হৈনম লৈনম পাম্লক্লে, অথুম-অহাও নিংলক্লে ॥
অয়িং-অশা থংলক্লে, খোনগী খোম্থাং চুম্লক্লে, ॥

লৈকোনগী লৈরাংশিংনা, মনা লেকথ' উবগা,
লৈকোন মপু মালিনা, লাইজ তোইনা চাইরক্লে ॥

হয়িংখোই তোংলে শংবদা, খোইমুগী চেংলো-লৈকোলদো,
উনাগী জালনা কুপ্লক্লে, মীৎয়েংমাদগী লোংলক্লে ॥

"প্রকৃতি" দেবী লাইরেম্বী, সনাগী কৈরাক কারক্লে,
জালগী অহোবা মরক্তা, মুনা মুনা য়েংশঙ্লক্লে ॥

মীৎচী মঙাল য়ৈবদা, হুমাং মরিক কারক্লে,
শম্লাং চোইনা তারক্লে, খোইমু চেংলো নিংথিবা ॥

মালংবনা য়ৈরবা—হাইনা হন্না নিংথিবা,
চরোং-চরোং পাল্লিবা—তাওজিং হৈয়াই পাম্বিদো ॥

চিংথাং খুদিং থাথরে, লমথাং খুদিং পানথরে,
উথোং খুদিং মুনথরে, ন্নাথোং খুদিং ঙাংথরে ॥

"চিঙ্গোই বারুণী"

লমতুপ-লমতুপ জাল'মু'দা, লোৎন লোৎনা শান্নকপা,
তুংগী লম্বী শাংগক্লে, মাংগী লম্বী তেল্লক্লে ॥

খোইমু সঙ্গু পরেংদো, খোংনাং পোকপী তুংওইব্রে,
লমুপোকপী য়োরক্লে, ববুই হাওখুল তারক্লে ॥

লোইয়া লমদম য়েংলুবা, কুন্দোচয়োম উখিদো,
তময়া লমদম য়েংলুবা ফীভো ফোবা উখিদো ॥

মাহং হৈবী কনা'না, রাহং হৈন হংলকই,
পাওখুম হৈবা কনানা, পাওখুম হৈনা থুন্নকই ॥

মেংউনে খোইনৌ ইভাবোই ! পাইথকমগী লমদমদা,
কুন্দোচয়োম শাংলিসি, ফীভো সন্না কৌরিসি ॥

ফীভো সন্না উরগা, পাইমা 'মুংদা রাজৈদো,
কুন্দোচয়োম য়েংলগা, থমোই 'মুংদা মুংভাইদে ॥

রারমুকো চান্নরোই ! রাংলেম পুঙ্গোই য়ান্নক্তে,
সন্দোক্লিবা ফীভোনা, কুন্দোচয়োম ওইরকপা ॥

চয়োম শাংপা কুন্দোনা নাইতোম-নাইতোম শাংলকপা,
উরগনি কুইররোই, ফংলগনি শাংকমলম ॥

### চিঙ্গোই বারুণী

চয়োম-শাংলম্বা কুন্দ, নাইতোম-নাইতোম শাংলক্লে,
সন্দোক্লম্বা ফীভোন, কুন্দ-চয়োম ওল্লক্লে ॥

খোইমু সঙ্গু নিংথিবা, কুন্দো শাংকম ফংখরে,
ফীডো ফীশক থংখরে, মীংবী পাওরো ফংখরে ॥

---

## নিপালশুবা পন্দুপ

# শাবী-শানৌ খোইমুনা

### মোংবা মরান পাংলকপা ।

শাবী-শানৌ খোইমুনা, লোইয়া লমদম য়োল্লকপা,
"প্রকৃতি" কৌবী দেবী, কৈরাক থাক্তোন লোমখরে ॥

পারি মমোম চেংলোদা, মীয়েং কয়া য়েংখরে,
খোংথাং ফুকপা ঙম্লক্তে, শয়েং হাইবা য়ারক্তে ॥

খোইমু মাইথোং নিংথিবা মূনা-মূনা য়েংনরক্লে,
অয়ো !! খোম্থাং হাপ্লক্লে, কয়া ইথৌ লাংলক্লে ॥

"প্রকৃতি" মিংয়েংনদি কনশল্লক, হয়িংখোই লৈচুম্নদি ভোইশল্লক,
চেংলো লৈকোম্নদি ভোলহাইনরক, লাইজ ইথৌনদি কয়া লাংলক ॥

হা.!! বিধিও নো দম্বা, থাবা য়াদে তমপ্রবোই,
পাইদফদে ইপ্রবোই, শাবী-শানৌ লাইবকক্ত ॥

হন্নুবগীদি মরুপলোই, হন্নুবীদি মতারোই,
শ্যুবীগীদি তাথিরোই, শানৌগীদি য়েংথিরোই ॥

কোংয়াং চৈশু পাইরক্লে, কোক্তা কৌশেং য়েংলক্লে,
খংদা থ্বাংঙ্গেৎ শেংলক্লে, কোয়েৎ তোলোক চিল্লক্লে ॥

য়াংলেম পুঙ্গোই খরদো, শাবী-শানৌ পুম্বদো,
হন্নুবী শকওঁ মানপ্রেদো, হন্নুবা শক্তম লোপ্রেদো ॥

বিধিগী-খুংশেম হৈখিদো, অথিবা শক্তম ওইদেদো,
পামদবা শকওঁ মান্দোদো, অমা ওইনহুম ফজেদো ॥

লৈকা ফনগে তম্নকপী, লৈয়াং থম্বাল নিংথিবী,
চয়াং-শিংনা য়েংশম্বা, ফজরম্বা মাংদেদো ॥

খোইমু ইন্দবা তোদেদো, লৈকা ফম্নকপা তোক্তেদো,
অখোইমহুম ফজেদো, পুক্লিং হবহুম ওইজেদো ॥

থাগী মাইথোং মঙালদো, মাহিংনা মাংবা ওমদেদো,
থারল মঙাল মক্তেদো, নোঁইন ইম্বা তোক্তেদো ॥

শেম্বি-লক্ষী ময়াইদা, মালেম নৈমাই মথক্তা,
খোংথাং ফুক্কুম ফুক্তুগুন, কাইদ-কাইদ থাংক্লেদো ॥

থামু খোংথাং তমক্তৈদো, রাংহাং জগোই মাক্লেদো,
য়েংবদা পেনবা নাইদেদো, থমোই শুম্না ফক্তৈদো ॥

শাবী-শানৌ পরেংদো, কাইদ থাংবা খোংথাংনা,
তময়া-লমদম য়োরক্লে, মোংবা মরান নক্লক্লে ॥

থাজং মখেল নাইরক্লে, বাখল-ঈচেল থাইরক্লে,
কলম মচিন ফাংলক্লে, তাহবং পাওতাক পিরক্লে ॥

আর !! খোম্বম নোংদথা ! মোংবা মরান নক্লকথা,
শাবী—শানৌ কয়ানা, তাহুংজোং পাম্বয়গ্রে ॥

লেম্বৈ মখে লাংনকম, থম্বাল-খোইমু কেন-কম,
আইজ-ঈশিং পোথাকম, চুড়া-পাথং য়াকাইকম ॥

সকুবর-পুথি 'য়াইদা মখে লাংনা শাবুবা,
হয়াও-ঈথক কাম্রবা, তাহুথজোং অনিরো ॥

হয়াও পম্পোল লোমক্লিটৈ, জুংজাই' মখে কাক্লিটৈ,
আথা-পাম্পোং ফাক্লিটৈ, কিশি খোকপা লোইক্লিটৈ ॥

ভাইবং মপু শিম্বানা, মীকুপ পু'জা নাইবনা,
থবীসেঙ্গোইরেণ 'পাম্বা, চিংথা খেঙ্গোং লাংলক্লে ॥

হা !! বিধিও রাঙ্গ্রেদা, থাইনবনি উবদা,
কাইনরনি থম্বদা, মীৎলু-ঈরা হৌক্লৈদা ॥

মাইথোং থম্বাল লাংশম্নরে, চেংপৌ চিংনা মেনরক্লে,
কোংলাই মপাও মেম্নরক্লে হা !! চেক্রা চিল্লোরুবক্লে

চেংপৌ শক্তম ম্লেংনবদা, মীৎনা কুপ্লিবৈ মতমদা।
মাইথোং-থম্বাল উদবদা, ভাম্নু থঙ্গোংগী পু'ম্নংদা ॥

পা-বু শেম্বা বিধাতা, তোইনা নিন্দা তৌগুম্মি,
ভাংপৌ অহিং অমবু, চহি চাম থনগুম্মি ॥

কোংলোই মপাও মেম্নবদা, স্বরগী ভাম্বা পিরম্বা,
কিথি কৌবা নোংদম্ববু, "মুংশিহৈতেদা„ হাইগুম্মি ॥

সমুদ্র চাংজ্ঞোদি নক্লক, বিদায় তৌসিদি তৌওমদ,
মতম ঈচেলদ্‌ি ঙাইরক্ক, বিদায় তৌদ'দি য়ারক্ক ॥

থৌজাল লৈতে নোংদম্ব', মুংশি হৈতে বিধাতা,
ভামুথঙ্গোং অনিদো, চিংজাও কোকথক ননথরে ॥

মতম ঈচেন কনখিবনা, থবীসেঙোইরেণ অপাম্বা,
সমুদ্র চাংজো তমথরে, অমুবা য়ুথন থাদরে ॥

ভাগ্যথঙোং অনিদো, থাইন মৈশা লাংথরে,
অন্না-মৈচাক থাংথরে. থমোই লাইমুম কাথরে ॥

পন্থৌ ইখোল য়াইকোইজুং থরাই থোঙ্গাল য়ৌথরে,
শাবী-শানৌ অনিদো, থাইন-মৈশা লাংথরে ॥

কোরৌহনবা তাবদা, ভাগ্যথঙোং থাজবা,
জীব জন্তু কয়ানা, হরাও মথে লাংজবা ॥

নোংজু ফুইনা তাবদা, হৈপাল-লৈপাল অপুম্বা.
য়েনিং চুম্না হুজবা, অঙোংনা মনা কেনবা ॥

লৌশিং লৈবা কনানা, অন্না থুবম তাম্বিবা,
অনোম কন্বা কয়ানা, লাইর-চুতংনম্বিবা ॥

তাইবং মপু লীলানা, য়েংবা কাংবু ওকহল্লি,
কনাদা পাথোং চল্লি, ফোংবা ওমত্রি তাইবংনা ॥

অথি কম্বা কনানা, পাথোং ফোংলি নিংথিনা,
শান্তি ফংলি মহাত্মা, কোকহল্লি তাইবং মীংথোন ॥

শাবী-শানৌ কয়ানা, "লংথুরু" কৌবা চেক্লাগা,
পান্নামজখি, শাজস্তা, চাংদমজখি লমচস্তা ॥

"লংথুনু", লাব-অমোমদো খা-খাবলগী শাজদ্বো,
খমোই 'নুংহা পামজৈদো, নুনা হেন্না চৎচৈদো ॥

চেক্লা চাক্লা চৎমিন্নৈ, পামেন 'মস্তা তোংমিন্নৈ,
অরা-অনা খাংমিন্নৈ, মোংবা মরান চংমিন্নৈ ॥

তাইবং মপু খুৎশেমদা, উইহল্লি মাম্নবা কয়া,
খংহল্লি থেম্নবা মাগী মেংহল্লি মাগী কৌশল ॥

শকমাম্নবা ইংশালশিংনা, "মানি"খংহল্লি মইংলো,
শক-মাম্নবা লৈশালশিংনা, "মানি" খংহল্লি মপান্না ॥

শকমাম্নবা ইন্নাংনা, মানি "খংহল্লি" মহাওনা,
শকমাম্নবা লৈন্নাংনা, "মানি" খংহল্লি মনন্না ॥

শক-মাম্নবা চেক্লাশিংনা, মখোলনা "মানি" খঙহল্লি,
মাগী কৌশলনা ওকহল্লি, তাইবংপান্না মজুম খল্লি ॥

তামুথক্লোং মাঙবা, "লংথুরু" শাক্রৎ লৌজবা,
লালা-পান্নী থরিকা, শাবী শানৌ অপুম্বা ॥

পন্থো ইংখোল য়াইকোই-সুং, খরাই খোঙ্গাল লানশম্লে,
বৃন্দা-দেবী য়েংলোইরে, মোংবা মরান চংখরে ॥

পলেম পন্থো মিংয়ে-কা, পাখং-শরি মীতা-কা,
অহল লমন তরুণী-কা, নৈকাই পাখং কল্লক-কা ॥

সুড়া পাখং হরাও কা, শাবী শনো সুংগা-কা,
নিতোল-কাদা নৈতংখ্রে, পাখং কাদা তানপাইখ্রে ॥

চেংলো-নৈকোন তোংলকপী, নিত্র-দেবী হয়িংখোই,
নৈকোন নৈহী চুপ্পা, নৈহী খোবোম থনখরে ॥

নৈরাং নৈনম চনখরে, নৈরম্বা নৈহী কমখরে,
নৈগী নৈও কাইখরে, নৈকোন নৈখোক .পাইখরে ॥

তরোই-তরোই লাওরবা, ছাসুখঙ্গোং মাজুবা,
লংখুসু শাজুং তমজুবা, সুড়া-পাখং অপুম্বা ॥

যোন্দুম যোস্তেক মথক্কা, সিগ্নো লশিং তিনগুম।
কোংখোল য়াতাজুখরে, খোমলেন তুংখুল হনখরে ॥

---

## মাপলশুবা পন্দুপ

# খোমলেন মংলান্দা আশা পান্দোং ফাদুনা

### শিব বর মহৈ চুম্লকপা মংলান কাইবদা তাইবং পাউতাক ফংলকপা

য়াদি তুংখুল্ হুনবদা, খোমলেন মংলান ফাওবক্লে,
তাইবং মালং পানবদা, কোরৌহনবা খোয়কলে ॥

(১) পোংজাও মাপল ফাংলিবা, (২) থোংশং মঙা শংলিবা
(৩) কাথাং তরুক খোক্লিবা, (৪) লম্বা অহুম ফাংলিবা ॥

ফুরা-দোলান লৈতেংবা, (৫) শমু-কোনুং মনুংদা,
(৬) নিংথৌ-রাণী অনিনা, তাইবং লীলা হৌরক্লে ॥

ভানুপঙ্গোং মাঙজ্জ, থাইন-পৈশা ইংথরে,
লংথুনু শাজং ভমজবা, চেক্লা কাইদোং-মিন্নক্লে ॥

শিব বর ফংলকপা, শাবী-শানৌ অপুম্বা,
আশা পান্দোং ফারক্লে, মহৈ চুম্বা য়াম্লক্লে ॥

মী ওইবগী তাইবংপাল, খোমলেন মংলান গুম্বনি,
তাইবং পুন্সি য়ামদ'নি, খোমলেন মংলান কুইদ'নি ॥

১ *ইন্দ্রি-মাপল, ২ থবাই-মঙা, ৩ জীবগী লৈফম চক্র-তরুক,
৪ †ইড়া পিঙ্গলা সুষুম্না শিংলি-অহুম, ৫ হকচাং ৬ জীব বুদ্ধি, ‡

অকম্বা য়ারা খোঙেমা, খোমলেন মংলান কাইগদৌরি,
অকনবা দশা ঈরৈনা, পুন্সি লমথাং মাংগদৌরি ॥

য়ারা খোঙেন নংজ্রবস্র, মংলান লোইগনি সোইদনা,
দশা ঈরৈ লাক্রুবস্র, পুন্সি লোইগনি সোইদনা ॥

য়েংউ খন্দুনা য়েংশিল্লু, উবা ফংগনি পুক্লিংদা,
ফাওরকনি খমোই' জুংদা, হোরকনি মীংলু ঈরা ॥

সংসার লালকম য়াওনবা, পুণ্য পাপ-চেক পৈসন্দুনা,
ঐখোইদনা শারক্লি'নি, নিংখিবা শমু-কোমুং'সি ॥

লোইদাং খা খাশিং য়ায়া, কোমুং শাব লোইছনা,
ঐখোই' পুন্ব লাসকমদা, লালখেং'গে চোংখোরক্লি ॥

ভাইবং মালং হৌবদা, পুন্সি খোংচং-লাল'জুংদা,
পুন্সি খোংচং মপুনা, থারক্লি মীকুপ লাল্মী ॥

অরা-অনা-দুংশিংনা, কোমুং মমুং চংছনা,
নিংখৌ রাণী অনিদা, খংহল্লরি লালগী পাও ॥

মীকুপ-লাম্মীশিং'ছগা লানখেংনবা হৌগংলি,
খাশিং কুমশিং-লাম্মীশিং, মথং-মথং খারক্লি ॥

খাশিং কুমশিং লাল্মীনা, লেপ্পা লৈভনা লাকথদা,
নিংখৌ রাণী অনিদো, "লালখেং কমগে" খরক্রে ॥

মচা-মশু লাল্মীশিং, খোমজম্মক্লে লাল'মুংদা,
পৈশল্মক্লে ললগৈশিং, শেম্লে পরিবার-লালংন

লালবন ফবা উবদা, পুন্সি খোংচৎ মপুনা,
অচৌ-অচৌবা লান্মী, তোইনা-তোইনা থারক্লি ॥

অচৌবা লাল্মীশিংনা কোম্নুং খোংজাও পাইরক্লি ॥
নিংথৌ রাণী অনিনা, ঙাকথোক' হোংনরি কন্না ॥

লান্মীৎ খংবা কনানা, ময়াই লম্বী পাংতুনা,
কাথাং—কথাং চৎতুনা, লালথেংনরি হৈ-শিংনা ॥

পুন্সি খোংচৎ মপুনা, লালগী লাল্লোং হোংলক্লি ॥
'কন্বা খুৎলাই থারক্লি, কন্বা ঙমলোই খংহল্লি ॥

লালগী লাল্লোং হোংবদা, লালগী লানবন ময়াইদা,
নিংথৌ রাণী অনিনা, রাতানরক্লে চিক্লা

লাপচিক্লবা উবদ', কোম্নুংবু শংবা থোং-শংবা,
পুক্লিং চেংগুম চেংগারক্লে, থোংশং'ঙমলোই পাওজেল্লক্লে ॥

নিংথৌ-রাণী অনিদো, শম্নু-কোম্নুং থাত্না,
পোইরৈ-লমদম তাম্লিংলে, চেনফম লম্বী য়েংলক্লে ॥

(১) "লিঙ্গদেহ" দোলাইদ, য়া'দ-তন্না কাখৎলে,
শমু-কোমুং খাদোক্লে চেং-ফম-লম্বী পাংৎরে ॥

কৃষ্ণগী চক্রগুম্বা, শিবগী ত্রিশূলগুম্বা,
ইন্দ্রগী বজ্রগুম্বা, বরুণগী পাশগুম্বা ॥

যমগী দণ্ডগুম্বা, রথীগী ব্রহ্মাস্ত্রগুম্বা,
লংলকপদা হল্লকপদ, পান্দনিংঙাই লৈত্রবা ॥

"কফ-বাত-পীত্ত" কোবা, অমোঘ ওইরবা খুংলাই'
সংসার লানফম মন্থুংদ', হল্লকদোরি সোইদনা ॥

লাকদোরি 'কনবা-লাল
ভমলোইদোরি ভাবথোকপা
পাইরদোরি শান্নফম
কাইদোরি শমু-কোমুং ॥
শেমহৌ-শিনি অকবা-লম্বী
য়েংহৌ-শিনি লেংদবা মফম
হংহৌ-শিনি নিংথিবা শাজং
তমহৌ-শিনি নিংথিবা শাজং ॥

---

১। ইন্দ্রি মাপল, থবাইমচা, পুক্নিং, লৌশিং, নাপল, মথোইশিনা তাশনখিবা হকচাং। শিবদা জীবসি লিঙ্গদেহদা তোংহনা থোকখি।

**লোইরবা।**